ঐহাক্তী নুংশিজরবা ____________________

________________________________________

মকমদা খুদোল ওইনা তমজবা

# পুন্সি তেলঙ্গা



নহাক্তী:-

অকোঙবা :—
মাইথম নিঙোন ইবেম্মা দেবী
তেহা খোংবাল।

মথুম য়েকপা :—
এম: প্রিয়োর্বতা সিংহ
ব্লোক শাবা :—
ডি মীতঅশং প্রোসেস




অহানবা কোংবা :-
১৯৭৭ ডিসেম্বর
কোপী মশিং ১১০০

ফংফম :— ট্রাইও বুক ষ্টোর
মমল :— লুপা ৩.০০
(ফংফম খোকপা অইবগীনি)

নম্বম :— ইম্ফাল প্রেস, পাওনা ইম্ফাল।

## অইবগী বারোল :—

"ইমায়বশিংনা অহিংদা হৌগক্লুনা অচিকপদা পরিক্ষগীদমক লাইরিক পাবা অত্তপা ঐনা অহিংদা হৌগক্লুনা অচিকপদা শৈরেং ইবা" অস্তুম্না :—

ছাত্রগী পুন্সিদা ইনিং খোংনিংবগী অশা নৈরকপা অসিনা ছাত্রগী পুন্সিদা কয়াগী মতিক অপনবা পীত্রকপে হায়বসি থংনবা মীকুপ্তা খংদুনতা লাক্লবনি অদুবু ইনিংবগী অশা অমদি হুনবা নৈখিদে। হিংনবগী লানকমদা মাইয়োক্লরিবশিং অসিগী মহুৎ শিন্দুনা কবিতা কয়ামরুম ইজখি। পাবুংনস্থ ঐহাকী অনিংবা অসি খণ্ডবাহনা ইতেং কয়ামরুম পাংবীখি। মেট্রিক পরিক্ষা হেক লোয়রবগা ঐহাকপু সংস্কৃত ব্যাকরনদা যৌনা খোংদাহনখি অমসুং খোংজোমগী ওজা চন্দ্রোনস্থ অকনবা থৌদাং য়াবিখি অদুবু কোলেজগী থাক্তা খোংদাক্লবদগী বিষয় অসিদা মাইপূনবা ওমখিদে॥

অস্তুম্না মতম কয়ামরুম রাংনা হোংনজহনা ইজগ্রবা কবিতা খুদিংমক পুনশিন্দুনা লাইরিক মচা অমত্তং ফোংদোক্লগে হায়বসি ঐহাক্কী অশানি অমসুং তাচোনস্থ ইত্তেং পাংবিখি। মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমিনা গ্রাণ্ড এডকী নোটিশ কৌরক্লবদা ঐহাকীস্থ 'পুন্সি তেলঙ্গা' কৌবা কবিতাগী লাইরিক অসিমক থাগৎচখি অমসুং লুপা ১০০ গী মতেং পীবীখি। অস্তুম্না সংস্থান অসিনা চহি খুদিংগী অইবশিংবু মতেং পাংবীবা অসিমক সাহিত্য্যা অমদি সংস্কৃতিবু সুংশিবগী ময়েক লাক্লবা খুদমনি॥

এম: হেমন্তা সিংহ

পাউডমজবা : -

শ্রী এম: হেমন্তা সিংহগী শৈরেং ৩০ না শাবা "পুন্সি তেললঙ্গা" মমুং হাপ্পুন্না পারে। লাইরিক অসি সমাজিক্কা মপুং ওইবা শৈরেংশিংনি। মসিদা লেখক্না হৌজিক্কী সমাজগী ওইবা মচু কয়া মথল কয়া অমস্তুং শক্তম কয়াবু কাচিন কোয়া শোক্না য়েক্লুনা উংলি। অসিগুম্বা শক্তমশিং অসি উংপদা লেখক্না মগাগী ইচম চম্বা ডিক্সনারীগী দরকার লৈত্রবা রাহে রাতা কয়া বিষয়গা কন্নাগা চান্ন চুননা উংতুনা অপাবা অমস্তুং মতাবশিংগী থম্মোয়দা ইচম চম্বা মুংডাইবা অমদি মথা চৎথনিংবগী সুর অমা পীরি। মসিনা লেখকসিগী কাউডমদ্রবা অমস্তু মাংবা ডমদ্রবা গুনদি লোয়ননা রাহৈ লৈতেং (শব্দালংকার অর্থালংকার) কয়ামুক মফম চানা অমস্তুং মরীক চুন্না শিজিন্নদুনা রাহৈগী থুংশেমশিংশু কজবা হেনগৎহল্লি। অম্সুম্না নৌনা খোংদাজরক্লিবা লেখক অসিনা অরাবা কয়া মায়মোক্নরদুনা পুথোকলক্লিবা অমদি উৎলক্লিবা বিষয় অমদি কলাবু খাগৎতনা ডমদে। তুংদমু লেখক অসিদগী সাহিত্যাগী ওইবা পোৎথোক কয়াশু লোয়কখিনি — হায়না আশা তৌজৈ।

প্রো :–
এন: নবা সিংহ
ডি: এম: কোলেজ; ইম্ফাল

তাং ২৮। ১১। ৭৭ ইং

## বাহৈ থরক্তং মরাল্লগী ঃ—

কা মচ, অমদা চাইদুনা লৈবা নোট বুক লাইব্রিক ময়ামগী মথুংদা হিন্দুস্থান নোট বুক অমদা শৈরেং মচা মচা ইদুনা লৈবা উই। মনিংদা হেমন্ত হেক হেক থাই। শৈরেংশিংপুগী মরক্তা "পূন্সি তেনঙ্গা" "কেটো" "ঙা অমত্থং ঈশ" অসিন-চিংবা শৈরেং কয়া পারুবদা হেমন্তগী শৈরেংশিংসি স্বর্গ য়োনা রাংলবা চিংদোন্দুন্থ নত্তে পতাল য়োনা লুরবা লোকথুংস্থ নত্তে মমা দা চংলৌবা পুন্সি লম্বীগুনি অশুম্মা থনথি। অদুবু অইখা হেমন্তা হায়বসিদি কনানো হায়বা থঙদে। মতম থরা লৈরগা এগী ইনাও 'ইঙোবা' না এঙোন্দা হায়রকথি ভাচৌ এহাক্কী শৈরেং থরা ইজরে মসি অমুক্তম্থ য়েংবীয়ু অহুগা খোংনবা শি-নবীয়ু। এনা নোক্রা নোক্রা হংঙৌ কদায় কপাই। য়েংলুবদা হেমন্তা হায়বসি এগী ইনাও ইঙোবগী অনিস্থবা মিং ওইরম্মে এখোয় থুদিংমকপু লুনা ঙৌবীবা অবোক 'ইবেম্মা' দা তম্মী। ইবোক এখোয়গী ইঙোদি অফাওবা লাইরিক ইবা অমা ওইরবনি মাগী লাইরিকসি ইবোক লৈরিঙেদা অমুক্তং কোংবীরুদনা ইবোক্তা তপ্পা হংলকথি কয়াদি চংগনি? লুপা ১০০০ লিশিংমুক চংগনি এগী পাওখুম তাবদা ইবোক য়াম্মা তনথৈ অদুবু মগী মতৌ য়েংঙনদদুনা কোংগনি কোংগনি হাইথি।

মতৌই হাওই চাংলখিবা লমখিবা মীহুৎসিংগী অপেংবা তাইবন্দা মতাঙকাওনহন্দুনা ইনাওগী "পুন্সি তেলঙ্গা বু মৈতৈ সাহিত্যগী লৈমাইদগী বাংলা পাইখৎহনবীদুনা মীয়ামদা করিগুম্বা থবা উৎপ। অমহৈখক্তি ষ্টেট কলা একাডমীগী চাওবা তেংবাংবনি শ্রীনী ইনাওগী "পুন্সি তেলঙ্গা" দা শেলগী মতেং পিরকই হায়বগী পুংতাইজবগী রাকম নত্তনা থত্তবীদবা উবৈদম পৎতুনা পুথরনা থাওগ্রগদবা সাহিত্যগী লৈতন মমাঙ্গু মথোং শোয়বীখুনা ঊশিং চাইবীখুনা। থরাই হান্নবীবা একাডমী তুং কোইবা ও নলশহ অসিগুম্বা একাডমী অসিগী হাক্ষোক্লবা থোংদা খুদোং চাক্লবা কয়ানা চংশিন্দুনা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনসে মচু মচুগী শিংতেল লৈবাং কয়া তিন্দুনা বৃথ মাদেব তাইবংদা অমুকং তান্নশনু হায়বা মঙ্গল আশির্ব্বাদ অসি পিজরী।

মন্নাম্বা

এম: মেঘা সিংহ

# 'কচ্চবা'

নোংলৈ নুংশিৎ মরক্তা
থাও য়াওদ্রবা মৈরাগুম
মীনোক মৈশা মরক্তা
মতম কয়া থাঙলূরে
মীমাম্নদ্রবা পুন্সিবু
মীরক তিলবা কিদুনা
রাখন লৈরাং ঐহাক্তী
রাখন্নুংদা পোম্লম্মী
কোরৌ শিংবুন কয়ানি
থম্মোয়নুংদা শাংলম্মী
অদুবু ওসিদি—
ঐগী "পুন্সি তেলঙ্গা"
লৈরাং মপুঙ ফাদ্রিবা
রাথলদগী ফুক্কুনা
লৈকোম্নুংদা পুরক্লে
রাকচিঙ থাগী উলেন্দা
কালেন থাগী নুংশাদা
নৌরিবা "পুন্সি তেলঙ্গা"

থূইথখিনি লৈরাংশে
কমবিযুকো ইমাও —
সাহিত্যা লৈকোন লাইবেন্দী
লৈরাং শুনা শাৎলবা
লৈনম শুনা তিল্লবা
মালিক মশিং নাইত্রবা
সেবা মশিং খণ্ডত্রবা
তাইবং ফাওনা চাল্লবা
নঙগী লৈকোন সুংছদা
কাচিন কোয়াদা ওইরবস্থু
মচী অমদা পীরম্থু
জগা নকম অমতং
পীবিদ্রুনা মহাক্না
নচাগী "পুন্সি তেলঙ্গ।"
নৌজরিবী লৈরাংনা
লৈকোন্দুদা শাৎলবা
তাইবংসিদা পোকপগী
মহৈ মায়ে খনজগে ॥

কচ্চরীবা :— অহৈবা

**

হিরম :—

২২। কৈবেল বর্ণ।

২৩। ইপৌসাংবী ভায়োনবী।

২৪। মঙলান অথবা থনিপুবগী শক্তম।

২৫। কুমশী লাইচক্তা ঐ।

২৬। থাজবা।

২৭। ওকে। থাইবিনি।

২৮। হইযুক তেরবনা হইযুক থৌরবদা।

২৯। কপ্তৌ শরুক নোকচগে।

৩০। কলি যুকী লৈশে



# মীকোক্ তরা

মী পুন্নমক র'বোন ঙনগ্রে
মকোক্ তরা পাররক্রে
অমত্তা মাররদে মকোকশিংদুগী রাখন্
ঙসিনা অমা হয়রেংনা অমা
মী অমগী মকোক তরা
মী অনিগী মকোক্ কুন্
কক্পগী লোইবা সুকনাই নাইদে
লৈশো পুংশুম অশুমক্ শোগংলকই
কৈগী অমুক হুইগী অমুক
মী মকোক্ ঙাক্তা ঙাইখরে ॥

❋❀

# পুন্সি তেলঙ্গা

বাংনা পাইগে য়াম্বিদে
নেম্না পাইগে তাবীদে
বাংনা অমুক পাইহল্লি
নেম্না অমুক পাইহল্লি ।।
শাংলবা ঐগী ইমৈ
তেল্লবা ঐগী ইনা
হাইনা হুমনা খংজাঁরি
নোংলৈ সুংশিং কিবন ।।
পাল্লবা তেলঙ্গা ইশাদা
অর্জ্জুনগী লিরুং পোশিনবী
য়েক্লা লান্দা চৎনবা
তেনগী তেনজৈ অমগা ।।
নোং চুরে লৌথদে
সুংশা শারে ফোদোক্কে
কল্লাম কুইনা পাইখিনি
ঐগী পুন্সি তেলঙ্গা ।।
চৎনিং মাইকৈ চৎহন্দে
য়ৌনিং মাইকৈ য়ৌহন্দে
ঐনা তোংজবা শগোলশে
ঐবু খুর্জি পাইহন্দে ।।

# পুন্সি তেলঙ্গা

ঐনা তানজবা দাবি
ঐনা লাওজবা খোল্লাও
মনা পাল্লি তাবিদে
মমিৎ পাল্লি য়েংবিদে
কয়াম কুইনা পাইখিনি
ঐগী পুন্সি তেলঙ্গা ?
অরাংদা পাংগে খল্লুবে
মথা মাইকৈনা চিংশিনবী
সর্গ য়োগে নিংলুবে
পাতাল রাংনা পাইরম্মী ॥
নোংলৈ নুংশিৎ অকনবা
ঐহাক তম্মা পাইরক্লবদা
ঐগী ইশা অচৌবা
থুপচিন্দুনা খাংজখি
হেন্না রাংনা পাইজরুই ॥
ইমিজা উফুল চায়শিনবী
ইমে ইনা থদংশী
থাংমত্রবা চৈনাদা
ইকোক ঙাওরবা ঐহাক্না
ইকোক ইমৈ খঙদনা
পুন্সি মাবু নিংজরুই ।
শেগাররবা তেলঙ্গা ইশাদা
মল্লবা চেনা কোৎচিনবী
ইকোক ঙাওবা কনবা
তেল্লবা ইমৈ শমজিনবী ।

অমুক হুন্না পাউকননী
অমঙবা নোংগী মরক্তা
চুপ্পী পাইরিবা মহ'ক্না।
নোংথাংগী জগোয উবদা
কিবনা ওয়রহাক লেপলুরে
খঙ:কোদনা তারকপা বক্সনা
শাংলবা উমৈ ককপ্রে।
উশা কোগোক কোকলবদা
অরৈবা শক্তি ফুদোক্কনা
পুক্কি থদংকে ংোংনক্লুই
পাক্কল মাডলা মতোকই ॥
সর্গ মর্গ শোনজবা
পাতাল থক্তা তুরম্মী ॥
ইকু কোগোক কোকপীরে
শুম্ন য়াইঙং তৈশিল্লে
ঘুমতি ওইনা প'ইবরে
পুক্কি মাপী মথাদা।
অদুবু ঐদি ৈহনদে
পৃথি থুংনা কে.মনিংই।

**

# মমা মচাগী সম্মাজ

কাংকোং শাবিরচুনা
কম্মা থেম্মী চি'চুনা।
চীংবী।
পেলহল্লি।
অঙাংনিনা কম্মা মতোক্রি।
তেরা ককচেংনা মচিক্লি
অঙাংনিনা মকপ্লি।
ইপা সোরায়েন কোহুনা
ছিদাক পিরা মতোকই।
কম্মনবু হোররুথা
থেম্ম থেম্ম তোকহল্লি।
চমেংনে —
আদ পুবিগে।
অথুম অহাও নৈবীগে।
থঙদে।
নৈবা নৈনমা।
মমানিনা থেমজল্লি
অঙাংনিনা মতোক্লি
কম্মা তোক্রো নিংথেবা
ইচা মরম মোকপনি
পেলইন্মুনা থাগংনি
অঙাংনিনা হয়াওরি।

"ঙা অমসুং ইল"

(১)

ঙাশিংমচুনা চনুম লাক্লিনি।
লাক্লবনিনা কিদা থাগ্লিনি।
থাবনিনা মখোম্ব কম্লিনি।
কম্লবনিনা শিহুম শিল্লিনি।
শিরবনিনা পাপতুম পুল্লিনি।

(২)

লাকলম্রবনি থাকমলোম্র
থাকমত্রবনি কম্মলোম্র।
কম্মত্রবনি শিকমলোম্র।
শিকমত্রবনি পুকমলোম্র।

# নুংখিলগী অহিং

নুংখিলগী অহিংথদা ঐ
ঐ ঐনি হায়বতা থাকখি
অদুবু কনাগী মশাদগা শোকলুদে
অপিক অপিকপনা অচৌ অচৌবদা
মতুগী অর্থ ঐদি থঙবু থঙলুদে
থঙগে হায়রনসু থল্লুদে
লংজা কয়াগী
অপুনবা ঐশৈঙ
মহাবলি উমংগী
শেকপি চরৈংথু
মতুগী অর্থঙ
ঐনা থঙলুবকথদা ।।
নুংখিন্দুনবু —
থোঙজাওশিংথু গম্ গম
অহুবগী মকম অদু মমশিলকখি

অমম্বা মরক্তুদা
অংম্বা সমাজ অমা
মতমচুদা ঐ
ঐ ঐনি হায়বতা থাকখি
শেকপীগী খোঙ্গেলদু
কনা য়াকখি, থংনবা
অপিকপা কাদুদা
মঃখালদু প্রেক্ প্রেক্
শৈমা তিম্মা চাবগী
অশংবা না সিমা
পাংশিল্লকখি অত্তুম্ অত্তুম
লুংখিলগী অহিংদুমদি ঐ
ঐ ঐনি হায়বতা থাকখি ।।

* *

# হল্লকৃতরবদা

ঙাইনা ঙাইনা ঙাওহনা
সুংগুক হুঙজানহুনা
থম্মোয় থেম্বা থানিম্বা
রানা রাখল খল্লিদা ।।
কুইর কুইর রারকপা
রার রার কপহনবা
আশা অতিংথম ওইহনা
পুন্সি পুম্বা পুনশ্নেদা….
শৈদা শৈবা অশৈবা
শৈওং শৈদাবা হৈরবা
খুৎকী খুজেং খুৎশম্বা
লম্বী তাক্লো খুৎমাবা ।
লম্বী লম্যাংনরবদা
মৈগী মৈরা মরক্তা
নোংদৈ হুংশিৎ হুংমগী
লম্বী তাক্লো অশৈবা…. ।
তানা তানা তাবীদা
ঊনা ঊনা ঊবিদা

সাহিত্য মন্দির অশোংবা
য়েংনা য়েংবা চৎলবোয় ।।
পাম্বুর পাম্বুর শোন্দুনা
শোয়া শোয়া কপতুনা
ঐগী মীগী নাইরিউ
খঙদ উদ হৌরবা ।।
নঙগী বাঁশি খোজেন্না
খোজেন হৌনা খোঙচুনা
খোঙ্থাং কৈহনু অমুক্তা ...
নঙগী সাহিত্য মন্দিরগুং .... ।
রাগ রাগনি সুংশিনা
ছন্দ পদ কজবা
খঙনা খঙনা খন্দুনা
খনবা ওমদেনে অইবা ।।
লৈরি হায়না হায়বীদে
রাক্তে হায়না তাকপীদো
পামেন্দ কাবা ভমজদা
তঙক তঙক য়েংজবা ।।
মৈতৈ সাহিত্য লৈকোয়ং
নঙগী নশেক্তা ঙাপ্সী
ইতিহাস লমায় কাকপদা
নঙগী মীংশৈ য়াওরম্মী
সুমিৎ থানা লৈরিউঁ
নঙগী মীংলেন য়ুৎলোয়কো
মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলগী
হে মালি অখোয়বা
লাকখো নোংমা তা[illegible]

নৈখোক কংলবা ইঙৈরে
মখোঙ শোন্না কপখিদি ।।
পিরাং পিবুক হুংবী
পিগী ঔচেল চেনখনদি
ইথৌ লাংলবা নৈরাংশিং
পিগী ঔরিক ইনখিদি ।।
নঙগী নৈকোল খেংলখো

* *

# ঈশ্বর

হিংশা য়াম্নে* নাইসি
কমদোনি ?
ঈ থকপা পাম্রক্রে।
মৰিৎ অৱাওজুদি
তরাও তৱাও পাংশি।
থঙই।
শানি হায়বগী রাতনি।
ঈখেঙ তাই।
শাশিংছু—
বলিদেবগী মনাক্তা ....।।
কঙ্কে নাইগুদি।
কমদোনি ?
হিংশা য়াবে নাইসি।
ঈ থকে হায়রক্রে।
লেঙখা খুদিংগী
লেকেও কটাহ।
চংপা খুদিংগী—মিমিট কটাহু।
লেঙলম য়াদে—
খুংশিং কটা

## " দাবী "

আশা পম্বা পন্থুংচন
ঈহৌ ঈরাংনা ইনোৎকা
ঐগী মিনা ইতুংদা
নঙগী মিনা নতুংদা ।।

পাম্মী ঐনা অহনবা
পামদে নঙনা অমনবা
অসুম্বা অসুম যমাঙখি
আশা কয়া অরেম্বদা ।।

য়াংমা লাম্বা তানবা
লাওরি খোঙেল মচেৎশিং
তোঙান তোঙান মচৎখি
মহৈ মহৈ য়েৎনরুই ।।

* *

# [ঐ নঙ মা] গী বিটিং

"ঐ"

ঐবু ঐরা
ঐবু ঐরা
ঐদি ঐনি
ঐতগী ঐনি
ঐনা হিংলি
ঐ 'তোমতগী
ঐনা কপ্লি
ঐ 'তোমতগী ।

"নঙ"

নঙস্ন নঙনি নঙগী
নঙতগী নঙনি নঙতগী
নতোমতগী, নথস্তগী,
নঙনা রাগ্নী নঙ '"তোমতগী ।
নঙনা কম্নি নঙগীদমক
নঙনা নোক্লি নঙগীদমক
নঙগীদমক হিংলি নঙনা ।

"মা"

মাসু মানি মাতগী মানি
মাতগী মথৌ মাতগী মথনবা
মানা মহিংনি মাতগী মকন্নি
মাদি মাতগী মথনবা মনি।

ঐ নঙ মা

ঐসু ঐগীনী
নঙসু নঙগীনী
মাসু মাগীনি
ঐ নঙ মা
ঈচেল· অহুম
ঈরম অহুম
তোঙান তোঙান
মচোয় মচোয়
মচে মচেং

মিটিং

নমথমিংবগী কাঙলুপ ঙহাক্তা
খঙদবগী খঙদবা ঙহাক্তা
অহৈবগী অহৈবা ঙহাক্তা
মিটিং অহুদা মিটিনুং ।।
অখঙবা শানা হংলকপা
অহৈবা শানা খুম্নকপা
মমায় অমুক থাঙং
মামায় অমুক লুকথ
খঙদ খঙদ য়েংনৈ
খঙদ খঙদ খৈনৈ
অহুগা· অহুম অহুম্মক
খঙদ খঙদনা লোয়শিনবি ।।

• •

১৩

# কবি খুদোকপী শাম্নশি

খুদোকপী শাম্নশি।
কবি খুদোকপী শাম্নশি।
প্রকৃতিগী শুড়াইবা খুৎলেমগী অরাবা
নপাক নপাক ফমদুনা
কমানা চুপকে য়েংনশি
কবি খুৎলোকপী শাম্নশি।
ফজবা হৈরাং লৈরাং
পাইরিবা খোইমু শনু শনু
পুক্নিং হুরবা সন্ধ্যারাতিগী খোঞ্জেল
পুম্নমক মীচংনি কবি নওগী।
মকোন শাত্নে মৈতৈ কবি
অহৌবা লাইরেম্বীগী শাইজিন্না
য়োৎচাবীগুম চিংশিনগ্নে লোইনমক
মৈতৈ কবি নপঙ্গে।
মোরক্নো কবি নীঙাইদবা
নযুম শাইজিন থাদোক্নো
খুৎলেম্না কৌরি নত্তু ফজনা॥

থংথরম্ম্ খুডাইরবা মরুদ্র
হেঁয়েরব অমুক লোকশিংকো
শওরে নঙবু খুংশেম্না
শকউনে কবি। শকশি
লাইর অনংগী ঈশৈম্ন।
মতোন লংল্লে সাঁত সাবিত্রি
য়েক্লিং হল্লে য়ুমগায়রবী যো।
চুপলো মরু নঙন, ঙমঝরে।
তেংথাও তেংথাশি
কবি খুংলোকপী শান্নশি ॥

* *

# মম্বা মঙাল

চৈশ্রা মমা মচানা
অশুম কুৎলি।
অশুম যুৎলি।
শজ্রেম্বী মমাচু—
ক্রিং ক্রিং চোংলি
শজ্রেম্বী।
ইমাদি লোয়রেকো।
হায়না হাদুনা
শোমা শোমা
খুজেং মৌবে
মৈখৌদি অশুম কাককই।
চৈশ্রা মমা মচানা"

# মী

তায় লৈয়েং কায়রবা খোঙ্জেল অমা
কোকিলগী কুহুনা য়াক্লবা মতম্‌শিদা
সহিদকী মতৌঙ্তগ অঙাংবা ফিজোলা।

হুমিং খুদিং কোয়বা চৎলিব
কনা পিবা দজি এইরিনি
নত্রগা মশিবু মখোয়গী মখোয়মা ?

অঙ দুখচার নত্রগা চড়চারী
ওইরবা তায় ধর্ম্মচারী কর্ম্মচারী
তলব চাবা ওয়গী লৈশা ৫/১০।

নোঙরে অমুওবীরা অঙাওবা উরগা
থারকই ওকবনা ওকবীদা দলি
অমুকতু বিচার মীহাৎপনা মীহাৎপী ১মু।

হায়রু অশৈবা মীনাঁ মীচাবা
মীমক্তা লৈরগা মীমু চুকচবা
অচনি মহাক মবাকী মশিঙা।

তুমখুল তান্নহু হে শৈথাগা
লৈরাং খোয়মুগী মোমপাকথক্তা তিংখং
শকউবা নোংফাদোকশু বিক্ষুক অমগী ।

মীশি তম্নরাইনি তম্নরাইশিংগী মরক্তা
মরৈ মরৈ তরেবা শাদোং
মচুস্ত পুম্সিনি লোংমা শিনিগী ।

ইকেোক য়াওত্রবা ইমা পান্ত্রবা
ইমিং চফু অথাপ্লশে উরগা
লোন্রি অশিবনা অহিংবা ঐখোয়মু ।

শুও অনিগী মরক্তা হানি ঐখোয়
শিবা হিংবা অনিগী মরক্তা
লানমীগুম লেপ্লিবা য়েক্লবগী বোদিথক্তা ।

লৈতোয়গী লৈপুঙ লৈপুঙ ফিদং কিন্না য়োমশিল্লি
লৈপুঙ মশেন থেঙ্গাম্লনৈ কোক্কি শম কোয়নৈ
উফুল্লক্তা তিনখি লৈপুঙ কয়া কয়া — ।

**

## —অঙাংগী লাইহিবি লুবাক—

খুংগুম্বা উঙলি।
পৃথিশিনা।
রোটসেন কৌহুনা
বৃন্তগী লম্বেল শিদা ........ ।।
উঙলি লাইথিনা।
জগোয় শারী
কোয়না কোয়না লম্বেলহুদা।
পুষ্পিগী।
মায়োক্নরিবহু —
মুর্ত্তিনি।
হংগী।
হিংনবগী অবস্থাদা
শুম চারবা — ।।
অঙাংশিংহুনা পুরকই —
অময়ম পাইহুনা।
লাইথি লুবাক্কী লোথোরকই
লুহোংবী শায়হল্লি —
পৈশা থাবৈ।
চোলোৎ য়েংদি।

থরুনা পোঃ য়োনবী
থরুনা নৈ
উনাগী পৈশা হেক্নুনা।
শমজেৎ হাৎপী।
কনেক শেৎপী।
মকী ইনবী।
কোকই —
রা রা
অঙাংশিংদুনা
থুবাক প্রোক প্রোক থুই।
অমুক লুহোংবী শানৈ
নৈবাক্লা শ বা কার অমদা
ফমজল্লি।
বর-কন্য।
দুমিৎ তারে
হাপচিল্লি।
নোঙ ঙাল্লে
লোথোকই।
লাইথি লুবাক্কী
মাগী মাগী — ।
" ফিজোল অমুক হোংবীবা —
ফিজোল অমুক লোথোকপা
অঙম্বশি ঙম্মিদা —
অশোনবশি শেল্লিদা
শেম্দেবস্ত য়াদবা"।

• •

## "পাম্মী অতোপ্পা সংসার অমা"

ঐখোয় তুমিংনি হৈবোং মন্নবগী
কোয়পায প্লাইরিবা ডাথু-থেংথু।
কল্লকপা, অপাম্বা, য়েংথিবগী পোরোন্না
মথং মথং অশুমক লোনশিনব্রবা॥

থবাতোনগী পৌরোন হাংনবা ঈশৈ
য়ুমথংনবা হদুবীদু ওইগদবা নত্তে।
থংনবা মীকুপ্পু কবুই কৈওইবা
লম্বী নৈত্রবা থবাতোনগী পূন্সি॥

য়োংহিল্লং থাংব্রবা পোন্দুগী চেল্লানি
মনিং তমদ্রবা আল্লাদা যোকব্রবা
নাম্থোকপা ডমত্রবা নঙ-ঐ—
ঐগী-ঐগী লা'দা থুব্রবা—॥

পাম্মী অতোপ্পা সংসার অমা
পুমতোপ তোপ্পা মনু'শীদগী মপাল্দা
পুঙলোন খণ্ডত্রবা নঙগী মাক্কোল্দা
শাখিরোয় জগোয় অশুম্বক য়েংখিনি॥

লক্কনগী নৈয়িদগী হেন্দোহনকখিবা লিতা
চাক্লিবা র'বন্দু ওইরমত্রবা নঙনা।
কানগে নৈরি চা' চা'
ঐদগী নঙ নঙদগী ঐ॥

# "ফোটো"

হৱাও হুৱাও
অঙাংনা। কৌরি।
অঙাং পিক্রুনা।
মরোল থোক্রুনা ফোটোদা ........!
হংলি —
রাহং কযা কয়া ....... !
লেংলি —
য়াহংগী পবেংশিং ....... ।
থঙদে অঙাংনিনা —
খুন্নোম হায়বদো —
ফোটোনিনা ?
অমুক পায়র,,
অমুক নোম্ল,
নোম্না নোম্না শম্মরি।
নোক্না নোক্না হরাওরি।
শেগায়।
মচেৎ মচেৎ ........ ॥
থদংলি।
মতৎ মতৎ !!
তৎলবনিনা কপ্পি।
অমা পীয়ু হায়রক্লি।
মিকুপ খুদিংগী কায়রী 'সরকার'—
পুংজা খুদিংগী শিরি 'ফোটো'।

**

## "ৱাক্কাক্ অমগী ৱারী"

লৈত্য লৈত্য

কুন লৈত্য

লৈত্য মেৰ

পূনর পূনর"

ৱাশক্লি।

ৱাক্কাক্না।

লৈতুমশিংদু কুমৱা

নোং হেক চুবগা ........ !!

য়াৱি —।

কাম্বগদৌরবা লৈতুমশিংদুদু।

মখোয়গী তোকপনা হায়রীবদু।

থুগায়বদগি মচেৎ মচেৎ

অশুগীদি —

মকোন।

থুয়াগী উফুল

এতোম ওন্নবা

মোলেজ্যান্দা পুনখি।

সুংশিং শিংলে —
পাইরে।
বারুকার্নিনা।
হুম্বা হুম্বা মায়কৈদা
লক্ষীমীনা কোবা অদোমদা ....!
কায়রে নৈতুমশিংক্ত।
মু-অচার ওইবশিংদু।
"কুং লাওবা ঐগী"
বুগক্কা ........!!
দশা তায় "অচুবা"!

**

# মঙাং তাগদোরবা পৃথিবী

পৃথিবীগী কুয়োম মহুংদা
মাগমানা কোয়না চৎ—
লাভাগী শক্তম লৌহনা
থোক্কক্লনি অকনবা শাফু
অশোন অশোনবা মফমদা
পৃথি মাত্তা নিক্লনি
মখোল পংহৌ হৌজবন্থ
পোকখায়রকখিগনি।
কোক লাওবা খোঙেলনা
তুম্নমবা বিমুখিয়সগী চৌঙগুম।
কংকায়া দোশিগুম চাকলক্লবদা
চুথকক্লনি খুৎশেমগী নোং
চৌঙ পাৎ তুরেলগী
থাওগী ঈশিং শোক্লনা।
খান্বো মৈচাক কনক্লবদা
কংথানি ঈচেল অহুম
"নং — ঐ — মা"
তিনথগনি অমত্তা [illegible]

চাওরবা-পৃথিবী কুশিদা
মীকপ মীনোক সঙ্গারদা
কনানা ভাওরি নাপান্বা
পোংগুম, মথন্তা, মশাগী,
কাওনৈ পুন্সিগী মরাবু ॥
পৃথিনা রাখল থম্লিংই
অমম্বু হেক্তা থম্লকপা
কোম্বা কাষ্টগে চংলিংই
অমন অম্বুক ননশিল্লকপা।
ঐদি ইকোক শারে
মাথা থারাপ ওইরে
রাখলনা মরোল মরোল
মরোল নাইনা পৈশিল্লরে
ঐগী থোঙ্বা মাথাদা
সেডিমেন্টরি ড়োককুম মরোল নাইনা।
হিংজনিংত্রে পৃথি ঐদি
লুদ — পাদ — হুরাব-চিন্থী
লোনজা লোম্‌পু কয়াজনা
পৈশিল্লবা পৃথি পুকৈশিদা
ওসিমক লাম্নিংলে ঐহাক্তি
জমিন্দারগী য়োংকী কোম্বু
ফদি-ফরা শেংপা
লাইরবনা শরুগী মেচিন
নৈবাক মচা ওইরগা
নৈবাক অসিদা ওংপদি
নৈবাক ঐদি য়েংঙ্গোই।

চুহংপীবা, নৈহুংপীবা, চৈহুংপীবা,
করিগী হায়নিংবা হায়হন্দে
করিগী তানিংবা তাহন্দে।
মচুবু ঐঙোন্দদি হায়রবি
ঐঙোন্দগী ঙম্না তাখি।
মহিং অহিং খুদিংদা
তংখা নাওই ঈশৈনা
নাকোং অপে নিংহনখি।
বিজ্ঞানগী অয়োবা খোঙথাংদা
খুদায়গী অঙকপা চাংয়েংদা
পৃথি মাতা ঐহাক্তি
নিরু অচুমক থাঙজরি
শাওদে ঐ শাওদে
সর্গ পতাল মমাংদা।
লাওরি ইরাংগী খোল্লাও
তারি মীকপ শেন্নিখোন
তানা তানা তারক্লি
ঙসি কাওবা লেপ্তুরি॥
মচি মচি খুদিংদা
ভংকী মপৈগুম ভুমথরে
হিয়োশিমা, নগাসাখি
ঙসি কাওবা য়ুত্তরী
মৈচাক অচু কাগুন্রি।
কাঙবু কাঙবু য়েংখিনবা
কাংলুপ কাংলুপ তৈমশিংনবা
করম য়েংবা ঙমগনি
কৈদি য়েংবা ঙমজরোই।

অহুমু য়েংবদা নারবা ইন্দ্রিং
তায়রোম খল্লুক উনা
ময়েক শেংনা তাকল্লি
য়াবরোই খল্লুক য়াথদা
ইনোং থোইনা শিয়রে ।।
শাম্নপং ভমগ্রা মল্লা
য়াম্না শান্তি অরোনবা
পৃথি ঐবু মাঙনবা ।
মুনিনা ধ্যান তৌবগুম
ভায়হাক ধ্যান তৌরিঙৈ
হেক্কমক হৌদোকদৈ ইকিং ফিংনা
পৃথি মখি চক্তোরে
মচেং মচেং কায়দোরে
ঐহু ফিংনা হৌগৎচৈ
করি থেক্লুনি য়াবদগী
অহিং খুদিং তুমজদে
মিকপ শেম্নিথোন তাবদা ।
ঐনা তোয়না থেমজিনবা
কাইহৌবগুম থোকপবা
অমত্তা ওইশি মতাগুম
পৃশপ পুনশি মওংগুম
মতুম তানা শেমজবা
মতুং তাবা তায়বা ?
কৈ য়েংখিনৌ নৈখৎনৌ ।
ইমা অমত্তগী মচা
মালেম কপনা য়েংশেঙ্কো ।

# হিংলিরা শিরিরা

হিংলিরা শিরিরা নঙবু
করিনো তৌরিসিনা
নঙগী থম্মোইনা মুঙমুক
কনত্রিবসিনা করিগীনো
ঐদি থাজুরুদরে
অসুম্না ওইরকনি হায়বা
অঠবু ওইরকপসিদা
থঙদে করি হায়সিনো
ঙাইখোনে অপঙবী
ঙসি কনাগীদমক হিংলিবনো
নশানা নশাবু
থঙত্রিবা অসিনা করিগীনো
করিগী কপলি
অঙাওবিগুম শেংরোক চিমাংলিসদা
অঙাং মচাগুম
মখোং নখুং ভিংখোকমুনা
হিংবগী মহাও*
উফুল থাইফুল ময়কলিবা।

# চিত্রকার

কাওবৈ মীওইবনা শিবরু, হিংলিউ মতমদা
অহবু ঐদি, পুন্সিগী পুংজা থুবিদা
কাওবা লৈতে, শিগদবজ্ঞা মান্দুনা লৈ
ভশেংবা কি, বিজ্ঞনগী পোৎশিং উরগা।
মীৎ থকহন্রে, তুচুংহল্লি ঐত্তোম্মদি ॥

মিকুপলিদা থোক্লমগদবা মিকুপসিদা ওইরগদবা
শিবগী অগোর উবদা ইমিংশি তাংজনিংই
চিংনম। চাবা পোৎ হুগী মশকনি
চিংনদবা কনা য়াওবগে হৌজিকী যুকশিদা
অহুনা ঐশু চিংনৈ, শিবযুম্ন চিংনৈ ॥

মীওইবগী শেংলবা মূর্তিশি য়েকচুনা থমনিংই
কোয়পু পুত্নুনা লেমনিংই খাঙিংইগী মবক্তা
তাবোৎ হুংদা লোৎনিংই, চিত্র অমত্তং
মচিন পংলবা তুরিসিনা, পান্নিবা শক্তমচু
য়েকপা য়েক লোয়রগা শিজনিংই হরাওনা

শেমজনিংই পুন্সিগী শকয়েং মিংশেল অমা
মহুগী মমাঙদা লেপ্তুনা শকমশি য়েংজনিংই
খোঙতেকপা, মিত্তাংবা, [illegible]অবিনা চৌংবীনবা।
খগোল খাণ্ডীগী লো[illegible] তোংজনা
সর্বশে কাবনবা ঐ কিসোর "শিল্প" ॥

# অপাইবা মঙ

স্নাহল লোকচাওদগী পুরেকপা মঙজাওহ
লাইরবা অমগী
ময়া কুম্রবা শেন্নিগী মুঙথঙনা
অমুক্তং ঙৈরবদা
মশুং মরি থোক্লা কায়থোকখি
য়োংকী কোম্লুনা
মথঙ মথঙ অনুম চপথাইবদগী
উফুলগুম য়াংলবদা
নুংশিৎনা পুথনা কোইপায় পাইখি
অস! য়েংউ
মঙ পাইরে মঙ পাইরে
স্নাহল লোকচাওদা
নুংশিৎ মাইরম থক্তুনা নৈরমথক
ঙসিদি নুংশিৎনা
থাদা অমুক অরাংবা অমুক
নোংপোক্তা নোংচুপ্তা
মঙহ পাইরে মঙহ পাইরে।

# করপসন

মৈত্তৈ অমাইবনা কায়বদগী —
মৈত্তৈ অমাইবীনা হায়বদগী —
হৈরম তরেং থিরি।
লৈরম তরেং লাংশি।
লাইগী কি অমগা,
অঙাংবা কিরাল অমগা,
প্রতিকার তৌথোকখি।
অঙৌবা য়েনবী থাদোকখি।
ঙমুনা উশিন তমথোকখি।
অঙাং য়াংগংবা ফনবা।
লাইশি করপসন তৌরে।
উশিন শিন্দবা য়াম্রদে।
হৌজিক সমাজ অসিদা।
অমাইবনা হাংজিনবরা ?
অমাইবীনা তমশিনবনরা ?
ঈশ্বরমক্তা লৌবিবরা ?
অপীবনা লাল্লিবরা ?
অরৌবনা চুম্লীবরা ?
কনাদবু হায়রুনি।
কনানবু থিরুনি॥

**

# কৈখেল ষণ

মরুম চাওব চাওরবা
পিক্ল পিক্লবা ।
ষনশিংদু—
থোক্লকই ।
খোলাদগী ।
তাল্ল চন্তু ।
ফুরু চন্তু ।
চৈন্তদু হাইগৎলি
হন্থবীদুনা ।
কিহুল্লি ।
ইকায়বা থঙদে
মমিৎ উইশিন্দুনা চংলকই
থঙই ।
হন্থবীনি হায়বা ।
তাল্ল চন্তু
ফুর চন্তু
চৈনা চৈনা
ফুনা ফুনা
মপুক থনবা শুমই—
কৈখেল ষণ ময়ামশি ।

••

## ঈখো লাংবী ঙয়োনবী

মশিদি মশাঙু নারে
শিবা থরা কুইরমালে
ঙারৈবীহুনা হায় —
অশিবা ঙাহু থম্দোক্কুনা
শুকযহুনা য়েংঙি ঙায়োনবীহনা
হৌজিক্তা ক্রিং ক্রিং চোংশধ্বনি
অশঙবা ঙাহু য়েংহল্লি
অরৈ অয়োন মেঙ্গা কৈথেল
ঙারৈবীহুনা অশিবতা উই
ঙায়োনবীহুনা অচঙবতা উই
থেংনরিবা মিৎয়েং ব্রহ্মা অমগী
পথ পুমথরবা থোংবান মনাত্তা
আদ —
থ্বাইরম্বন্দগী মচিন্দ।
চহি অমা অনি লীরুরবা
ঙারী থরুং অচৌবহু
মনমসু থরা হেনগৎলি
অহুম্ য়োনদে
মমল অঙম কাওথৎলি —
ঙইজবা পাম্বা থোইমাংসিং
লোৎনা লোৎনা পাইথোকখি

মপুরোইবা নাবক্লে —
শঙ্গোলগী নচা শঙ্গুনা
ফিজি পাইদুনা য়াইমৈ
ইমা চাগে। ইমা থক্কে।
মকোক শংপায়মুক চাওনদো
খ্রোক খ্রোক খোংলি
মচা শঙ্গুদো অমমমত্তা ওইনা
য়েংলকই মমি শান্নব' মিংয়েং অমনা
মী থাম্বগা ম'মন্নবা মরাইবক্তুদা
হঞ্জিন হঞ্জিন শুরি থুংমনা
বাচেংকী কাংথক্তা —
মপুরোইববু উরগা —
য়েংলি শুকথ শুকথ
নোকই! রাশি কংলবা মিনোক
হংডি পাওখুম ফংদ্রবা রাহং
কননা কনাগী কন'না কনাদা
উপায় লৈত্রমালে —
হোৌনা হোৌনা নোক্লকই —।
শঙ্গে'ন্দুগী শঙ্গুদো
লমহুই খোংবগুম খোংলকই—
রু.......রা.......উ.....রু......॥
মপুক থন্দ্রবা লুবাক্তু থাঙ্গৎতুনা
তপ্না তপ্না চৎখি ভায়োনবীদু
রু.......রা.......উ.......রু.......
অচুম খোংহৌই শঙ্গুদো॥

●●

# মণ্ডলাল অমদা মনিপুরগী শক্তম

চৌঙলোন মাপম্মা কোয়রমদে
লোঙ্কাক্লা থিংশেন ঙাম্লমদে
নোংমগী চঙখোম্ল' মণ্ডলান্দা।
চৌঙলোন মাপল তেমহুনা
লোঙ্কাক পাৎপূ মেন্দুনা
নৈতেম মাম্মনা শেম্লমই।
অরাংবা চৌংগী ঈচেম্মা
অনেম্বা লোকহৃং য়ৈথাম্লবা
কনানা য়েংবা ঙমগনি।
শিজিম্লরম্মী শিদ হিদাককুম
লমজিংলম্মী শান্তিগী লম্বেলদা
অঙকপা ফংলবা বিজ্ঞানশিনা।
এতোম বোম থাদহুনা —
য়েলম্মী হুংশিরবা মনম 'মা
ঐখোয় অমত্তা ওইনবা
চৌঙলোন মাপন 'লান্দুনা
পৃথিবী কাচিন কোম্লাদা
ঙাম্লম্মী মনিপুরগী মনিবা।

পৃথিবীসিদা লৈরিবা 'সহর'
পৃথিবীসিদা লৈরিবা 'খুঙ্গং'
ওইরমদে পলেম অনিগী।
ইনাকখুনবা ঙাক্তা নোক্লমদে
লাইরবা ঙাক্তা কপ্পমদে
পুন্নমক অমত্তা ওইরম্মী।
তুম্বা চাবা হিম্মদা
নোংয়াইগী য়াখন্দা ঙাওখিবা
মমোম লাংলেন থোইবীনি
ঙহাক তুমখুন তাল্লুবদা
ইমা মাগী খল্লুবদা
লাকপা ওইরিব্রনে মঙলান্দা।
সনা কোয়ী কৈথেন্দা
থোইবী মঙুং লাংগীদমক
শিবা মচেৎ খাকথিবা
শিনা শিনা হিংহনা
ঈহিং নাহিং ওইহনা
রাশক চেৎনা খাঙখিবা
ওইরমলবদি ঐগী মঙলানশিনা
পম্বোয়বী তম্মা লাক্কুনা
তমখিবা তায়বংগী থোদোকশিং
মঙলাম্মা তাইবং ওইরকপা
তাঙবংনা মঙলান ওইখিবা
ওইসন্নু নোংমা তায়বংদা।

**

# কুমগী লাইচন্তা ঐ

কপ্লে কপক্রেং ওন
ছুম্লে তুম্বা ওন
পুন্নমক ওনপ্রবসিদা ঐ
ময়েক তরা ওনবনি ॥
কনানা বাংগে হংলুরে
ঐনা রাংই খুন্নকই—
কনানা নেমই হায়রুব্রে ॥
ঐনা নেমই হায়কই ॥
য়াংবদগী য়াংবা লাশিংনি
লুম্বদগী লুম্বা মুঙথংনি
সের কদা ওন্নগা
ঐনা য়েত্তা কমগনি ॥
নখোয়না শেমজবা ময়েকনি
য়েন্না ময়েক তিনশিন্নোম
হয়েং হাংচিৎ ঙাইহ্নুনা
ঙসিদি অশুম লেপ্পনি ॥

**

# "থাজবা"

থাজবা নৈত্রে
অউবা মথৈ অমতা থাজদ্রে
উদবা নঙতবু থাজরি ঐনা
সাগৈ নাতৈ মরূপ মপাং
ভোবোৎ খোদানবা জাতি বিজা'ত
পুম্নমক থাজদ্রে।
নোংমা থাজরুই
নোংঙালগদি অমুক থাজবা নৈদ্রে
ঐগী "ইঙখোলদা" ঐবু থাগৎলম্মী
"কোম্থোং" কানথোকপ্রগা থিনা চৈরম্মী
শকউদবা লোন্তোক্লবা নঙতবু নত্তনা
পুম্নমক থাজদ্রে!
মীত্রংশুম্না মাংশ্রে
হুরানবা কনানা হবীদ্রে থাজবা
শম্লিং হনবস্থু য়াদবা পোৎশক
কনাদা হংনুগনি উহৌবরা হায়না
কৈদবু হংনুগনি থিরুহুনা ঐনা
থাজবা পোক্লক্লে।

কোয়ম্বা থিক্ররে

নত্তনা পীবীবা থম্বানমিচাক্কী মৈনম

পয়েং পয়েং পাইছনা থিক্ররে

"থাজবা" ফংত্রে অমম্বা মরক্তা

লোংঙ্খে কেকু ফোংবা ঙমত্রে

নত্তনা ফোংবীয়ু ॥

লম্বী তাকপীয়ু

থাজদবা নাহোংনা পোবীগু ঐবু

থাজবগী খোইরা থম্মোইহুংদা য়ালহল্লু

থদংপীয়ু মীওইবগী চিংনবা লংলা

হে ঈশ্বর পূন্নমক কোকহনবীয়ু

অসিতনি থনজরিবা ॥

❋❋

# ঙক্কে ! ঙাইখিনি

হৈংরম্নবদি পাইবা—
হনুমানগুম !
ঐখোয় লোইনা পাট নদা।
পাইরে।
অতিয়াশিদা।
ঐখোয় লোয়না পাইরে।
ঙক্কে ! ঙাইখিনি।
ঙক্কে।
ঙাইখিনি।
সর্গনা মথক্তা !
পতালনা মখ দা।
পাইরে —
অতিয়া।
ঐখোয় লোয়না পাইরে।
উপুরোইবদা হায়গনি।
সনাগী লৈহাও ঙাইখিনি।
হুঙগী শায়ুশিনা
হৌশংলক্লবসু।

খোরক্রমা ,
অরা লান্দাবা
ভগ্যাচন্দ্রণী মুর্তিশিনা
ভক্তে —
ডায়খিনি ।
ভক্তে ! ডায়খিনি—
রায়েন শঙণী গদিদা
খোরকপসু য়াই —
রায়েন কাতি অমা —
ভক্তে ডাইখিনি ।
অস্তম হিংখিনি ।
শিড্রিকাও ডায়খিনি ।

**

# হুইমুক তেরম্বনা হুইমুক থৌরবদা

[১]

হুইমুক তেরম্বা হুইশিংদু
থৌরক্লে হৌজিক্তি
হুইমুক থৌরক্লে
ঙংলক্লে শাওন।
ময়া অঙৌবদু খিগৎতুনা
খোংলক্লে হুইমুক থৌনা
মসি নোংমগী হুই তুবোনবদুনি
ময়াম্না য়োকখিব।
য়ম্বুনা পামখিবা
ঙসিদি খোংলে চোংশিন চেংশিন
মপু ঐথোয়বু উরগা ..........।

[২]

লৈকায় শরা শল্লক্লে
হুই ঙাওরে —
হুইমুক থৌরে
মপুদা ওনশিন্দুনা তাম্নবদা
ময়াম চংহনা হাত্তোকই ॥

✱✱

# কপ্তৌ শরুক নোকচগে

নোকচগে।
নোকচগে।
কপ্তৌ শরুক নোকচগে।
কাযনদৌ শরুক থুংনগে।
পুক্নি তিংলবসু তিংনা।
দিহে বারবসু বানা।
কপ্তৌ শরুক নোকচগে।
"মপান শাদনা
মহৈ যানবা"
উপান্দু ওইনা হৌদুনা
কপ্তৌ শরুক নোকচগে।
য়াওনিংদে —
পোৎলোয়বা।
য়াওনিংই —
লুহোংবা।
মীকপ মরক্তা লৈনিংদে।
চুহি চফুদসু য়াওনিংদে।
হয়িংগী দশাসু তানিংদে।
য়াদবগী তৌবনি।
শিথ শিথ নোক্লুনা
লেনজনিংই ঐহাক্তি।

কপ্তো শরুক নোকচগে।
তিনশিনবত্তা তম্বীয়ু।
থাইদোকপদি তম্বীগ
পূন্সগী প্লেটতা খোংচগে —
অমগা অমগা তরাম'থোই ( ১ + ১ = ১১ )
অনিগা অনিগ কুর্নিথোই (১ + ২ = ২২)
'অনি' [illegible]
[illegible]
'মরি [illegible] অক্ষদা।
'কুন[illegible]থোই' [illegible] তাহনবা।
ঐনা পামজবা অমনি।
থূংলোযবা খূংহাংনি।
ও ! অনিদগী মণ্ডা থাইদোকপা (২ — ৫ = ?)
করম্ন' হোংকনি শিদি
থেংনজদ্রি অমুক্তা।
হোংতবস্ত য়াদবা —
লালহনবস্ত য়াদবা —
ফেতুগীবু পুগাদ্রা ?
ওয়দগীবু পুগাদ্রা ?
অস !
লুপ্তেদা পুন্সি অক্তা।
[illegible]শিনবনিবু হায়বরদি —
হিরায় সিফাও তিনশিনগে
ফুরিখাওদা হাপচিগে।
কৌদৌ শরুক চোন্দুনা
কপ্তো শরুক নোকচগে।

**

## 'কলি যুগকী ইশৈ'

[১]

হে তাইবংশী অপংবা
শী তুশি হৌগংলুহ্ন
হনজিন্দূনা চাজনি।
অদুগী শরুক লাওহৈ
যগ তুশি হৌগংলুসি
মথিদস্থ রাই তৈননি ॥

[২]

মুগুগী চক্রি ময়া কুমলে
রাহক তোয়না তোয়না হক্লে
অকমবস্থ ওইসহ
অশেনবস্থ ওইদনু
নেঙ নেঙ কোং
নেঙ নেঙ কোং ॥

[৩]

হোংবা চাওবা ভুমা কলা
নখোয় লোয়না লাওহৈ
উরিকশিবী পাম্বৌসি
চেকপনদগী মুকতোকসি
অন্ত্রাংগী উকম ওইদরে ।।

[৪]

লংকৈ চৎখিন্নু শচি মরা
লাই থুংশাংবী লাকপনি
মী ভুশি হৌগৎলুহ
মণ ভুশি হৌগৎলু
কলি যুগকী ইশৈনি ।।

[৫]

হাংমেংবুনা পঙহনবা
লমওইবুনা শিংহনবা
মুরুম মুরুম শোন্নকখি
ইমাগী নিংথেম অকবা
হামেং মানবা অপঙবা ।।

[৬]

পঙদৌ শরুক শিংঙুনে
শিদৌ শরুক হিংঙুনে
শিনিংলবদি কমদৌবি
নত্তাও হামেংনু মশিবি
নমা নমহৈদি হিংখিনি ।।

লোইরবা



ঔগী :—

অতিয়াদা পাইরিবা লৈচিলগী মপৈ
মুয়না হৌরকপা অমম্ভবা লোং,
কানা পুনবা ভ্রমত্রবা রাখল
চংখিন্নু ডাইখো ভুমিম্মা য়েংখো
বসন্তা রাংলি কণ্ডুনা খংখো।

লেখকী ফোঙলগদবা লাইরিকশিং :—
উপন্যাস :— ১। নঙগীদমক হিংডুনা লৈরগে
২। মাঙলবা পুন্সি।
৩। লিশম লোক্কী নুংশিবা।

বারীদা :— "বায়েন কাত্তিনা খাঁঙথরবদা
মঙ্গে থেঙত্তুগী সমাজ্জু
অইবকী রাখলদা — নুংশি ডাইবী"